# Khungangi Chithi

*a collection of Manipuri Poems*

by Raghu Leishangthem ©2005



| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ২০০৫ |
| অফোঙবা | ঃ | কিং পব্লিকেসন, থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল |
| কপি মশীং | ঃ | ১০০০ |
| নম্বা | ঃ | পদ্মা প্রিন্টর্স |
| মখুম য়েকপা | ঃ | ঈশ্বর লৈশাংথেম |
| মমল | ঃ | লুপা ৮০ |
| ফংফম | ঃ | মণিপুরগী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা বাজার, ইম্ফাল।<br>নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, কৈশামথোং<br>অইবগী য়ুম |

অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকসিং ঃ

১। পুন্সি তেলঙ্গা (শৈরেং, ১৯৯১)
২। লানবু লৈ ওইনা শান্নরিবা (শৈরেং, ১৯৯৫)
৩। নুং অসি লাইনি লৈ অসি ঈনি (শৈরেং, ১৯৯৫)
৪। হনুবীগী ঈশিং পুন (শৈরেং, ২০০২)
৫। অতিথি উচেক (অঙাংগী ৱারি, ২০০৩)

সুনামী ঈথক্লা পুন্সি লোমত্তবশিংগী মফমদা।

# ৱাহৈ খরদং

ঐগী শৈরেংগী লাইরিক "হনুবীগী ঈশিং পুন" (২০০২) ফোঙত্রবা তুংদা ইরকপা শৈরেংশিং খোমজিন্দুনা লাইরিক অমা শাগৎচৈ।

লাইরিক ওইনা শাগৎলকপদা অকিবা অমা ফাওরকই।

অকিবা মরকসিদা ঐগী ইয়াম্বা শক্নাযরবা কবি থাংজম ইবোপিশক্না লাইরিক্কী মমিং 'খুঙ্গংগী চিঠি' থোনবীরকই। ওনথোক্না পামজবা লাইরিক্কী মমিং অসি ঐগী ইযাম্বনা থোনবীবকপদা ঐ ঙম্লখে লৈতনা হবাওখি। লাইরিক্কী মমিং থোল্লে। অদুবু শৈরেংদি কমদৌবা? ইথক্তা ইপা পাখংনা লৈবিঙৈদা ঐগী ইয়াম্বা কবি য়ুমলেম্বম ইবোমচা, ঐগী য়াম্বুং কবি আর কে ভুবোনস্না, ঐগী মরূপ কবি সনতচান্দ থিয়ামনা লাইবিক অসি ফোঙবদা পুক্নিং থৌগৎপীবকই। মবকসিদা ঐগী ইনাও কবি ক্ষেত্রি রাজেননা ফোঙনবা শেলফম খরা মতেং পাংবীবকই। লাইবিক মখুম ঐগী ইনাও ঈশ্বর লৈশাংথেমনা দিজাইন তৌবীরকই।

ফোঙদি ফোঙবা তারে। অব্নাবদি শৈরেংগী লূরবা কলাদা খুৎ থাবা হায়বসি অরাযবা অমদি ওইরমদ্রে। ঐদি ইচম চম্বা শৈরেং ইবনি। ঐগী শৈরেংশিং অপাবা কনাগী থম্মোয়দা য়ৌশিনবা ঙমদ্রি হায়বসু ঐ খঙজে। অদুদনি ঐগী শৈরেং ইবগী অব্নাবা মায়োক্নবিবা।

ঐগী শৈরেং খরদি চেফোঙ অমসুং খোমজিনবা লাইবিক খবদা যাওখ্রে। শৈরেংশিংদু ঐনা ঐগী লাইবিক ফোঙলমদাইসিদা শেমদোক শেমজিন তৌজখ্রে মদুগীদমক অপাবশিংনা ভাকপীগনি।

চঙশিন্নবক খোঙচৎ অমনি। কবম্না অমুক হন্দোক্নি। শৈরেংদ ইখবা তারি। শৈরেং ইবা পামজবা ঐত্রাক্নি। লাইবিক অসি ফোঙবদা তেঙনা পীবকখিবা খুদিংমকপু তৌবীমল খঙবা উৎচবা।

- বঘু লৈশাংথেম

# য়াওরিবশিং

## শাউরবা ৱাহৈ

শৈরেং।

ঙসিদি
কযাদা নুংঙাইনা শান্নরিবা
মবুক লান্নবা ইচাশিংনা
ঐগী শৈরেংগী ৱাহৈ ওল্লদুনা।

শৈরেংগী খুঙ্গংদুদা
হৌজিক্তি
মফম থোংদ্রবা মবুক লান্নবা ইচাশিং
থিবক্লে মমাগী খোল্লাং।
খৌগংলবা লমদমসিদদি
ফংদ্রে লাইজ ঈবিক অমতা
ঐগী শৈরেংগী ৱাহৈশিং।

লেপ্লবে ঙসিদি
কায়খ্রবা বুদ্ধগী নুংঙগী মূর্তিগী মমাঙদা
শাউরবা ৱাহৈশিং
মখূৎতা লীকং তেন পাযরদুনা
চঙলক্লে শৈরেংগী উমংদা।

# নোংলৈ নুংশিৎ

ঐগী ইতিহাস
লৈরোন নাইনা কুপশিনখ্রবসু অমম্বনা
শুক শুক নৈহৎপীখ্রবসু নোংলৈ নুংশিৎনা
ঐগী উমং
ঐগী লৈকোল
মচ মচুগী কুরাক মচাশিংদি
পাইরি অপীকপা মশা অনী খপ খপ্লুনা
তারমদাই নুমীৎকী তঙাং তঙাংলবা মঙালদা।

ঈথক্লা ঈশৈ শক্তি
অপীকপা খুনগী পুখ্রি মচাশিংদদি।

মিংশেল
অঙাংশিংনা
মশাগী শক্তম যেংজবম্বা
ইচাই চাইনা তাবি মচেৎ কয়া থোক্লা শকখঙদ্রবা লম্বীদা।

নোংলৈ নুংশিৎ
হৌজিকসু লেপত্রি।
লান্থেংনরবিগে
মচ মচুগী কুবাকশিংনা।

## উপাল অমগী উশা অনী

নোংমা নেতা অমনা পব্লিক মীটিং অমদা
ঙাঙখিবা ৱাহৈ খরা
পুরকই যুমদা
থাজিল্লি উপাল ওইনা ঐনা
অসুম চাউখৎলকই
অসুম চাউখৎলকই
ঙসি ফাওবদি উহৈ অমত্তা পাল্লকত্রে
থিন্দোরকই উশা অনীখক্তি
অসুম অসুম থিন্দোরকই।

অসূক কুইবসে
ঐনা ঈশিং চাইর্বাক্লি নোংমতা পোথাদনা।

নোংমা নুমীৎ অমদি
ঐঙোন্দা হাববকই থিন্দোবক্লিবা উশা অনীদুনা
পৈশা পীয়ু লুপা পীয়ু
ঐনা শাউনা থুমখি
কৈদৌবগী ঐঙোন্দা পৈশা পীয়ু হার্যাবিবনো
নঙন্থু ঐনা থাখিবদি উহৈগীদমকনি।

উপালদুনা নোঙ্কদুনা খোঞ্জেল থোক্লা লাউবকই
মতমসিগী চৎনবীনি নঙনা উহৈ পাল্লবদি
পৈশা পীয়ু লুপা পীয়ু।

হে ভগবান
হৌজিক্তি ঐ তৃম্না তৃম্না মাৎ পাঙলি।

# গান্ধীগী নুংগী মূর্তি

ৱা ঙাঙখিদ্রে
গান্ধীগী নুংগী মূর্তি।

তুমীন লৈগু
তুমীন লৈযু
গান্ধীগী অহিংসাদু
ঈখেংনা পুমচোং চোংলে।
কেগামগী থাউমৈ অমদি
অমশুসিদা মুংশি মুংশি ঙাল্লি
হে রাম! রাম রাম
অহিংসাদুদি
হিংসাগী কৈশুমশঙদা
মিয়াং তাবনা ফাদোক ওইখ্রেদো।

মতমসিদা শান্তিগী খুনুদ
তেঙ্গৈনা পাল্লবদা
তাদুনা লৈরি
ঈখেং তৈবদুনা লৈমায়গ

হৌজিক্তি
ৱা ঙাঙখিদ্রে
গান্ধীগী নুংগী মূর্তি।

## ঈশ্বর লৈত্রবা লমসিদা

ইশাগী তুরেন্দা
চেল্লকপদা ঈচেলশিং
মুৎকদৌরবা মৈবীগী মঙাল
ঐগী মায়থোঙদা তারি।

ঐনা তুমীন্না ফম্লিঙৈ
নিল খোংখিদ্রবা অতিযা য়েংদুনা
উচেকশিংনা মশা খপ্তুনা পাইবগী খোঞ্জেলসু তাই।

থবান্নিচাকশিংনা মমিৎ পাঙলকপদা
অমম্বা অতিযা পুংলং লংলি
ঐগী ব্রাখলদি
চমম্ম ফিজোল হোংদোক্লুনা
শৈবেং ঈবি
ঐ ইশাগী অশিবা হকচাংদা ইশামক্কী ইথৎমক্লা।

ঐ হৌজিক কদায়দা চৎকনি
ঐ ইশাগী অশিবা হকচাংসি পুদুনা
ঐগী অপীকপা শৈরেংগী খাংপোকশঙদা
ঙসিদি মখোয়গী তমথিবা নোংলৈ নুংশিৎনা
ইচাই চাইথোকপীবে
ঐগী ইমাগী শল্লাংসু
ঈশ্বর লৈত্রবা লমসিদা।

নুমীৎসি ঙসিদি
মচেৎ মচেৎ পুনখবক্লুনা শিববা
মঙাল যাওদ্রবা নুংথিল পোবোগ্নি।

## চিঠি পুবা উচেকতু

অঙাঙবা খাউ অমদা
চিঠি অমা হাপ্লগা মচীন্না চিক্লুনা
পাইরক্লিবা উচেক্তু
কনাগুম্বা অমতগী তেঞ্জৈনা কাপ্লীগনু।

ঐগী অতিয়াদা
ঐগী উমংদা
ঐগী চীং পাৎ তুরেলদা
কোয়না পাইরিবা
চিঠি পুবা উচেক্তু
ঐগী ঈনা
ঐগী তোংশানা ওর্নখিবা উচেক্লি।

ইখির্বানি
অনৌবা পাউ কয়া।

উচেক্তু
মালেম য়ূমথোং খূদিংদা
য়েনগদৌরিবনি চিঠি অমমম
নঙগী থম্মোয়দা
নঙগী ব্রাখলদা।

## মুনি ঋষি অমা

কাপচসনু
কিরুনু নোংমৈদু
নোংমা মখূৎতগী তাপ্পবদি
মাসু ওইরকপা য়াই মূনি ঋষি অমা।
উপালসু হৌরিবনি
অশংবা উনাসু পাল্লিবনি
কাপচসনু নোংমৈদু কিরুনু
নোংমা মখূৎতগী তাপ্পবদি
মাসু মীনি
ওইরকপা য়াই মঙাল ফংলবা
মূনি ঋষি অমা।

মখোয়গী নোংমৈদু
মীনুংশি চেন্দবা ধাতুশিংনা শাখিবনি
কিরুনু কিরুনু
নোংমৈ মরুদুনা পাল্লবা মীশিংগী ঈখেংদু
লৈ ওইনা শাৎলক্লগনি
ঐখোয় মোংফমগী লৈকোলসিদদি।

## ঈপাক

লৈক্রক।
লৈক্রক অসি ঐগী লৌবূকশিংদা
কাখৎতুনা খৌগংলবা মচীনবান
কুইরে ঙাইরক্লিবা নোংলীক অমা।

নোংলীক।
তারকত্রে কংলবা লৌবূকশিংদা
পাইখ্রবদা অমংবা নোং চীংলোন লান্না
ঙাইরি ঙসিসু নোংলীক্তি।

ও তারক্লে নোংলীকশিং
অথেংবা অহীংদা
মমাশিংগী পি ওইনা।

লেপ্তুনা চুথরক্লিবা পিরাংগী নোংনা
ঈথক হৌরক্লে কংলবা লৌবূকশিং।

শান্নরি অঙাংশিংদি
হি হোন্দুনা অকিবা লৈতনা
পিগী ঈপাক্তা।

ঈপাক।
তুমীন্না লৈরি
লেপত্রবা পিগী নোংলীক্রা
মশা পূম্বা চোৎলবশু মমাশিং।

## মন্দেলা

অফ্রিকা।
অমুবা মমাগী খোমজিন্দগী
থক্লদুনা খোল্লাং
চোংথোরকই
উমংগী নাউশুম্নুংদগী
অপীকপা শরুগী মূর্ত্তিশিং
মশাগী ফিরাল পায়দুনা।

থাংগৎলকই অফ্রিকাগী লৈমায়দগী
অমুবা খুৎশিং
নোংদোন অতিয়া তম্না।

কৈশুমশঙগী
খোঙ হাংদোরকই মন্দেলা
অফ্রিকাগী উনাগী খাংপোকশঙশিং।
অমম্বদু ঙসিদি
কিদুনা লোৎখ্রে
মঙালগী থৌরবা থাঙশাংদা।

মীনায় নাইথাং
কিশি থোকখ্রে বন্দিগী থৌরি কোঙ্গোই
কৌরক্লে ঙসিদি অফ্রিকাগী অতিয়াদা
নীংতম্না পাইরক্লিবা উচেকশিংনা
মন্দেলা।

## ইমাগী চিঠি

ঐগী ইমাগী চিঠি অমা লাকই
ঐনা তুম্লিদৈ ঐগী ফমুংদা ।
উপায় লৈত্রবা ইমাগী ম্রাহৈ পরেং
পিরাংতগী পরেংদু।

খুঙ্গংদুদা নোংমসু
নোং মরক্তা ঐগী ইমাদু লাকখি
মাগী মায়থোঙ নোংলীক্লা চোৎলি ।
করিগীনো ঐগী ইমানা কপ্লিবা।

উচেকশিং কোয়পাই পাইরি
ঐগী ইমাবু কৌদুনা
মখোয়গী খোঞ্জেল
হুমদুনা পুখ্রি মালঙবনা।

চিঠিদু অমুকসু লাকই
ম্রাহৈ পরেং খরা ইমাগী মিৎকী পি ওইনা
করি হায়নিংলিবনো চিঠিসিনা হন্না হন্না।

হনগৎ হন্দা চৎলি অমম্বদা ঐ
ইমাবু নীংশিং নীংশিংদুনা
ঙাইরমগনি ইমানদি
ঐগী পাউখুমতবু।

## ইম্ফাল নঙগী মূর্তি

ইঞ্জিন পানবা গাড়ীশিং
নঙগী পীক্লবা লম্বীশিংদা কৃক কৃক ইন্নরি
মৈখূ মপৈ মপৈ কামথোক্লদুনা
তাদুনা লৈরিবা
অশিবা হকচাংশিংদা কৃপ্লিবা ফি মচেৎ মচেৎশিং
পুনশিল্লি নঙগী শোক্লবা লম্বীশিং পাম্বোমশিং
ঈ থোক্লবা নঙগী মূর্তিশিংদা।

ঐদি
নঙগী মূর্তিদা কোন্দুনা কপ্লি
ইম্ফাল ঐগী ইম্ফাল
ঙাক শেন্নবা ঙমদ্রবা
নীংখায়রক্লবা নঙগী মন্দিরশিং।

নঙগী তাইবংদা
লাউ খোংলিবা ইতিহাসকী ফিজোল হোংদোক্লদুনা
মফি য়াওদ্রবা মুর্তিদা সহর নঙগী হকচাং কয়াৎশিং
চাইথোরক্লিবা খোল্লাও নোংমৈ গুলিশিং।

ফোইদৎলিবা শন্নাং মখোয়না
লমজাও সরক্তা কোনুংদা উফৃল্লক্তা
চিংথোক্লি ফি
ওক্তবীগুম মীয়াম মমাঙদা।

লৈরোন চনশিনবীরদুনা
লিরবা মূর্তিশিং মখূৎ মখূৎশিংনা।

## ইশাগী ঈরাল

মখোল অমা তাই
নিল্লি চীংমায়শিং।

ঐ চপ লেপ্লি।

ব্রাহংশিং
ঐগী মাঙদা লেপ্লে
হংলকই হন্না হন্না
মঙগী ব্রাহংশিং
হৌজিক্তি ঐ
শাথিরবা মঙ অমা মঙলে।

হৌরিবা উপালশিংদা
মরোল থোকত্রবা নোংমৈ মখূলশিংনা
পীখ্রে ঐগী অরোইবা পাউখুম।

## খোঙ্গুলমেলৈ

খোঙ্গুলমেলৈ
নঙদি শজিবুগী অয়ূক্তা
নঙক নোঙ্গ্লি মালঙবগা
অশংবা উনাশিংগী মরক্তা
শকখঙদবা খোইমুদুদি ঙংদুনা
পাইরি নঙগী বসন্তগী উমংদা।

খোঙ্গুলমেলৈ।
নঙগী চীংথ্রাউ পাম্বীদুদা
করম্বা তেঞ্জেনো পাল্লিবা
থায়ন নঙগী খুনগী চীংমায়শিংদা।

খোঙ্গুলমেলৈ
নঙবু নঙক নোঙ্লিব্রা ঙসিসু
মতমগী কেনভাসতা
মরু কোক্লবা নঙগী উমংদা
পাইরিব্রা অঙাঙবা খোইনিং
মতমসিগী অঙাংগী অপিকপা তুলিগী মচুদা।

# শান্তি

শান্তি।
অনৌবা নোংমৈ অমগী মমিংনি
মাগী মরূনা পাল্লি
মরাল লৈজদ্রবা মীচমশিংগী হকচাংদা।

ঙসিসু লোইদ্রি
অনৌ অনৌবা শান্তিগী নোংমৈ পুশিল্লকপা
মখোয়গী মখূৎমক্তা চাইখায়রক্লি
লমদমসিগী
নুপীশিংগী ফিজি ফিনা।

অমুবা উচেকশিং
পাইথোরক্লি হৌজিকসু
অনৌবা শান্তিগী নোংমৈ মখুলদগী
লেপ্পা লৈতনা ঙসিগী মীশিংগী মরায়বকশিংদা।

## ঐগী ডাইরিদা

চীংশিং
তুমীন্না লৈ ঐ খঙই ৱা অমতা হায়জদে
নীংশিংবা থোকত্রবা মতমদগীনি।

চীংখোঙদনা তুরেললনা
কোইচেল চেন্দুনা শান্নরি।

ঐগী নাকোংদনা তারম্মি
মখোয়গী খোঞ্জেলদু ঐগী সহরগী নিল খোংবা মরক্তা।

চাউর চাউর কাগী থোঙশিংদুদি সহরসিদা
লোনশিল্লম্মী চেৎনা
কাশিংদু পূম্মম মল্লমগদ্রা মৈ থান্দ্রবা অহীংগুম।

মতমসিদা খঙহৌদনা ঐঙোন্দা
কোনশিল্লকখিবদু খঙই ঐ মহাক্কী শাংলবা মখূৎতুনি।

অকিবা নুমিৎশিং
নীংশিংলকপা নুমিৎমখৈদি ইশিল্লে
ঐগী ডাইরিদা তমথিবা খোঙচৎশিংদু।

মীথুংশঙসিদা মী খরদি লাক্লি
ঐ য়েংবা ঙমখিদে মখোয়গী শক্তমদু।

ঙসিদি ঐ কুইরবা তুংসিদা
শৈরেং অমা ইরিঙৈ
তোর্ব্বানসিদা অতিথিশিংনা কৌরকপদু
খুম্বা নংদ্রিঙৈ
উচেকশিংদুদি পাইথোরকই মহুম্মুংদগী মায়কৈ খঙদনা।

## আত্মাঘাট

মমিৎ ঙাঙলবা নুমীৎ
অঙাঙবা ফিরাল চৈখোক্কী মতোন্দা লৈরি
মশা পূম্বা মৈরীনা য়োম্লদুনা।

হৌজিক্তি মূর্তিশিং
তুমীন লৈরি।

মতমসিদা
নুমীৎতু খূদক্তা শিরে
আত্মাঘাট তৌজদুনা মথন্তা
মঙলাক্লরবা খুঞ্জাশিংগী
কিম্থরবা খাংপোকশঙশিংদা।

## লৈ পরেং

ঐনা নঙবু নুংশিবদি
মপাল নাইদ্রবা নুপী অমগী মূর্ত্তিদুনি।

ঐদি চাইখাইনিংদে
ইখূৎমক্লা হেক্তুনা নঙগী লৈনাশিং
অচিকপা লমহাংদা রেষ্টুরেন্টগী অমম্বা কেবিন্দা
অরোনবা অমম্বা কাগী বেদরুমদা
নঙদি নুপীনি মালেম লৈমা।

ঐদি পামজদে
নঙবু ইশাগী ওইজবা থিদুনা
ময়াই কারবা অহীংদা শান্নজবা লাইথিগুম
নঙদি হি য়াই চেল্লবী ঐগী পুন্সি মরূপনি।

করম্না থাংজিনবীগনি
নখোঙদা পোনগী য়োহিলং
নঙদি নীংতম্না পাইজরিবী চেক্লানি
ঐদি হাংদোক্তুনা থম্লি
মতম চুপ্পা নঙগী পোনগী থোঙ।

মুর্ত্তি। করম্বা মুর্ত্তিনো
নঙনা থুগাইগে খল্লিবা নুং ওল্লবা শক্তম
কনাগী মখোঙনো চামগদৌরিবা চোকথনা
নঙদি মৈরা পায়বীনি। সনাগী নাউশুম হাইরিবীনি।

নত্তে নঙগী মোংফম
লৈরোন চনশিনখ্রবা চহী কয়াগী মূর্ত্তি
মফমসিদি নঙগী লাইশঙনি
নত্তে মীহাৎ থৌরি ঙকশমগী কোঙ্গোয়
লৈ পরেংনি মমাগী ঙকশমদা হুক্লিবা।

## মঙাল

মঙাল।
শাংলবা উরিগুম য়াম্থরক্লে
অশংবা উমংদগী অৱাংবা চীংন্দোন্দগী
খুন মচা মচাশিংনা অশংবা তোৰ্বান্দা শান্নরিঙৈ
তনৌরবী মৌ নহাশিংনা হাইদোক্লদুনা ফিজিশিং
ঈশিং পুন পুদুনা থোরক্লি
নাউগুম ঈশৈ শক্লদুনা।

# ঐদি খোঞ্জেল থোকখিদ্রে

ঐ করি ঈশৈ শক্কনি।

পুন্সিদি লাম্থেংনরি
থাজবগা থাজদবগা ফমুংসিমক্তদা
তৃম্মীন্নরি কৃপশিন্দুনা
শেগায়রবা পোমফ্রি মনুংদা
তমথিরবা অমম্বা অহীংশিং।

ঐ করি ঈশৈ শক্কনি।

পিক্লবা কাখুসিদা
ঐনা থিরুই পুন্সিগী য়াম্না পাক চাউরবা অখৈ অমা
হৌজিক্তি হৌবদগী লোইগদৌরবা ফাওবা
ফংদ্রি ওমখৈ অমত্তা খোঙচৎসিদা।

তারক্লি
লানগী খোল্লাউদি
অল্বা অনাগী চৈনাখোল ফংলবা মীশিংগী।

ঐ করি ঈশৈ শক্কনি।

কুইরবনি
খাঙবা ব্রারবা মীৎকুপশিংনা
পুংশিং কাংশি ওইরক্লবা মতমসিদা
কৎলরিবা
মমাগী মুর্ত্তিদা
অঙাঙবা লৈশিং।

ঐ খোঞ্জেল থোকখিদ্রে।

করি মতৌনো
চেন্দুনা পুশ্রে ক্লাক লঙজানা
ঐগী ইমাগী তেক কায়রবা মূর্ত্তিসু।

## শকখঙজদ্রবা মূর্ত্তি অমা

ঐ
শকখঙজদনা লৈরকখি
ঐ ইশামক।

খঙলকই
ঐ
থোঙ লোনশিল্লবা কৈশুমশঙগী
অমম্বা গর্ভনুংদা লৈরক্লি হায়বা।

মতমসিদা
ইমাগী নাউশুম্নুংদগী চোংথরকপদা
উরক্লে ঐ
ইশানা ইশাগী শকখঙজদ্রবা মূর্ত্তি অমা।

মতম কয়ানি অসুম্না য়ানশিল্লবা হূ থক্তুনা
ঐনা হিংলক্লিবা
অকি তুজুংলবা কৈশুমশঙসিদা
পারদুনা অমম্বা মঙালদা
ঐগী নীংতম শৈবেংশিং।

## ঐ থোঙ হাংদোক্লে

উরকই ঐ খুঙ্গংদা
মৈরীগী মঙালদা অপীকপা লাইশঙ
তারকই
অপীকপা সহরদা
সভাযাত্রা অমগী শ্লোগান।

হল্লকখিদ্রবা
পাইদুনা শান্নরম্বা উচেকশিংদু
মখোয়গী অতিয়া নীংখায়খ্রবা ঐদি খঙহৌদে
কুইরে ঐ
মিৎ উইশিন্দুনা লৈরক্লিবা
মশাগী ঈদা ঙাওরবা
মীশিংগী মশক উনিংদদুনা।

মখোয়না কপ্লিবনা করিগীনো
মতমগী মন্দিরগী মমাঙদা
লাই লৈত্রবা
কনা কনাগী জগোয়নো শারিবদুনা মীহাৎপৃঙদুদা
অশিবা ঈবু খোঙনেৎনদুনা।

হৌজিক্তি
ঐ থোঙ হাংদোক্লে
অমম্বা মরক্তা।

# খোঙ্গুলশিং

অতিয়াদা
অঙৌবা ফিজোল খোল্লবী
ঐখোয় ইমাদু লৈচিনগুম্না পাইরদুনা
কোয়না থিরক্লি থব়াম্মিচাকশিংগী মরক্তা
মচাশিংগী খোঙ্গুল।

মতমসিদা
ঐগী শৈরেং
পার পারগা
মচেৎ মচেৎ নীংখায়রক্লবা ব়াহৈগী মূর্তিশিং ।
হৌজিক্তি ঐগী ইমানা
মশাগী অঙৌবা ফিজোলদু
মচেৎ মচেৎ শেগায়রগা কুপশিনবীখ্রে
মূর্তিশিংদু ।

থম্মোয় থম্মোয়দা ইমাগী পি
শিম্থরকপদা
ঐগী শৈরেংসু লৈরি তুমিন্না
শকখঙবীদ্রবা নীংখায়রবা খাংপোকশঙসিদা।

থিরক্লি
ঐগী ইমাদি
ঙসিগী অমম্বা অহীংদসু
মখূৎতা মৈরা পায়দুনা মচাশিংগী খোঙ্গুল
সভ্যতাগী য়াক্লবা খোঞ্জেল মরক্তা।

# খোঞ্জেলসিনা ঐ তূম্বা য়াদ্রে

ঐনা মীৎকপ থোরকপদা
খোংলকই নুংশিরবা খোঞ্জেল অমা
অপীকপা উচেক মচাশিংনা।
ঐনা তারকপদা নুংশিনা খোঞ্জেলদু
থিরুই
কদায়দনো মখোয়গী কায়দোংফমদুবু
কোয়লে লৈদুনা থি
থোঙনাওদা
খাংপোকশঙগী ফৈরাদা
মখোয়না তোংলগা খোংলিবদু কদায়দনো
উপাল অমতসু হৌদে ঐগী অকোয়বদা।

খোংলকই হন্না হন্না

ঐনা অমুক তূমথৈ
খোঞ্জেলদুনা ঐ তূম্বা য়াদ্রে
কদায়দনো মাগী কায়দোংফম
খোংলকই হন্না হন্না
ঐনা থিবদদি ফংবা কৌবা লৈত্রে
উনিংলকই হেন্না হেন্না মশক্তু।

অঙকপদি
লৈরমলে উচেকতি
ঐগী কোক মনুংদা নুংঙাইনা মহুম শাদুনা
তোংদুনা ঐগী শিংলি নাউরিদা
খোংলি হৌজিকসু
খোম্থাং য়ৈনা অদুঙৈগী সুরদা।

## অমম্বা

মূর্ত্তি
খুমজিন্দুনা অমুবা মায়খূমফিনা
লেপ্পরবা ঙসি ঐখোয় মাঙদা।

অমম্বসিনা
লৈরিঙৈ ঙসিসু মতমগী মূর্ত্তি ওইনা
অনৌবা সভ্যতাগী মঙাল।

মতমসিদা
তোর্ব্বান ব্বাংমা ব্বাংমদা
লেপ্পরদুনা লৈরি মশা মশামক য়েক্লবগুম মী খুদিংমক।

লান।
লান অসি তৌরকখিগনি
ঙসিগী লান
মশা মশাগী লান।

হৌজিক
মৈগী নোংলৈ নুংশিৎ শিৎলি
মীশিংগী থম্মোয় থম্মোয়শিংদা।

অমম্বা
ঙসিসু লৈরি লেঙদ্রবা মতমগী মূর্ত্তি ওইনা।

# নুপী

নুপী।

নঙদি মৈ ওইগদবনি
নঙদি লৈ ওইগদবনি
ওইগদবনি নুঙ
মৈরা
মমা।

নুপী।
নঙগী অশোনবা পূক্লিং থাদোকউ
কুইরে পোনগী থোঙ হাংদোকখিবা
ঙমজদবনি নঙনা ননীংতম্না পাইজবা।

করিগীনো? তুশোন মানশোন্নরিবা
নশা অনী ফন্দোকপা ঙমজদ্রিবা
লৈরবনি নঙগী থৌনা শক্তি
কিরুনু শা-কৈগী উমংসি।

থাঙ্গৎনু
নখূৎ।
মঙালনি নঙদি নুমীৎ থা থরান্মিচাক
মমানি নাউশুম হাইবিবী মৈরা পায়বীনি
নঙ য়াওদনা কনানা তাইবং শেম্বগে।

নুপী।
সতিসু নঙনা ঙাকচগদবনি
ধর্ম্মসু নঙনা শেমজগদবনি
থুগায়গদবনি নঙনা চৎনবীসু নঙগী নূংথংনা।
নঙদি শেংলবা মুর্ত্তি অমনি মৈহৌরোন্দগী লৈরক্লবা।

লাম্মী ওইয়ু লানফমদা উৎলু
নশাগী থৌনা
নশাগী মঙাল
নশাগী মৈরী
হৌজিক্তি মীগী যুগনি।

## ফিরাল

ফিরাল।
মোংফমসিদা চিংখৎলক্লি
মঙ মঙলিবা উচেক মচাশিংগী
মঙফাওনদ্রিবা অমম্বা অহীংদা।

মমাগী ফনেক মচেৎশিং
মথানুংদা কোল্লদুনা
অনৌবা নুমীৎকী মঙালবু য়েংলিবা
শুক্লবা মল্লবা উমংদা
অশংবা উনাগী মরক্তা
তারদুনা
অপীকপা লোক্কী ঈচেল মচাগী ঈরাওখোল।

খৌগংলবা তোর্বান্দা
চুমথাং মচুগী ফিজোল থোল্লদুনা
থাঙ্গৎলক্লিবা থাঙশাং
মপা মপুগী মল্লবা কোনুংদগী লৌথোক্কুনা
কনানো মহাক্তা থিরক্লিবা।

ফিরাল।
হাই হুল্লি মৈরীলক্তা
নোংঙার্নখিদ্রবা
অহীংগী অমম্বদা
কোল্লদুনা মমাগী ফনেক মচেৎ
তৃপ্লিবা মমিৎ অনী উইশিন্দুনা
অপীকপা উচেক মচাশিং।

# অপীকপা নুংশিং

অপীকপা নুংশিং
ঙসিদি ওল্লক্লি অপীক অপীকপা মৈগী চীং
শাৎলিবা লৈসু ওল্লক্লি মৈরী।

মীহুৎথোঙশিংদনা উরি মৈখু মপৈ মপৈ
মতমসিদা অকিবা লৈত্রবা ষনশেন্নহাশিংদি চৎলি
থির থিরদুনা খোঙ্গুলশিং।

তাদুনা লৈরিবা
লম্বীশিংদা
অপীকপা নুংশিং
খোঙনেৎনরক্লবদা মতমগী খোঙঙুপ বুটশিংনা
অতিয়াদদি পাইরক্লি
শেগায়রবা ফিরালশিং।

## নঙদি ঐগী অতিথি

ঐগী ইফমদদি
নঙদি ঐগী অতিথিনি।

ফম্বীয়ু
পোত্থাবীয়ু
থোঙনাওদু হাংদোকপীয়ু ফংগনি
মৈশাগী নুংথিল্দুদা অঙৈংবা মালংগী শহুমদু।

ঐগী ইফমদদি
নঙদি ঐগী অতিথিনি।

ফম্বীয়ু
পোত্থাবীয়ু
লৈকোলসিদা লৈ কয়া শাৎলিবনি
য়েংবীয়ু মীৎম্না অনী পেন্না
থম্মোয়দা লৈ অমা শাৎন্নকপ্রা।

ঐগী ইফমদদি
নঙদি ঐগী অতিথিনি।

ফম্বীয়ু
পোত্থাবীয়ু
অপীকপা উমং অসি
ঐনা উপাল কয়া থাদুনা শেমগৎচরকপনি
উরুমসিদা ফম্বীয়ু পোত্থাবীয়ু
উহৈ অদুসু চাবীয়ু।

শজিবুগী অয়ূক্তা
খোঙ্গুলমেলৈগী উমংদা
অঙাঙবা খোইনিংশিংনা ঈশৈ শক্লিবা
অশংবা উনাগী মরক্তা মঙক নোম নোমদুনা
দৃশ্যসি য়েংমীন্নসি
কৌজবনি ঐনা নঙবু ইনাক্তা মতম পূম্বা
ফম্বীয়ু
পোত্থাবীয়ু।

ঐগী ইফমদদি
নঙদি ঐগী অতিথিনি।

## লাইশঙগী মূর্ত্তি

ঙসিদি
মীশিংনা উপশীন্দুনা মায়খুম
চৎলরেদো
নৌনা শেমগৎলকপা হিংশাগী সহরদা।

মীনুংশি লৈত্রবা
ধর্ম্মনা লৈখা তারবা সহরগী লম্বীশিংদা
অমগা অমগা লান শোক্লরকপদা
মীওইবগী মূর্ত্তি
মচেৎ মচেৎ নীংখায়রক্লে।

ঐগী লাইশঙশিং
থুগায়দুনা শাগৎখ্রে
মখোয়গী হিংশাগী কোনুং।

মতমসিদা
মমাগী শিয়োম্মুংদা
অঙাংশিংনা কপ্পগী খোঞ্জেল তারকই
লাইশঙগী মূর্ত্তি
মৈরীথোক্লা চাক্লকপদা হিংশাগী মোংফমদা।

# শৈরেংগী লৈবাক অমা

সহরসিদা
ব্রাহৈ খর কোকথক্তা পুরদুনা
কোয়চৎ চৎলিঙৈ ঐনা
থেংনৈ নেতা অমা।
হায়রম্মি
কবি
শৈরেং ইয়ু
শান্তি লৈত্রবা ঐখোয় লৈবাকসি য়াম্না ব্রারে।

অঙাং খরনসু হায়
ইবিয়ু নীংতম্বগী শৈরেং ইবিয়ু।

লল্লোনবা অমনসু
পুরকই ব্রাহৈ খরা
লৌহৌরো লৌহৌরো
নঙগী শৈরেং ইনবা অরাপ্পদগী পুরকপনি
নুংশিজদুনা কবিশিংবু
শেন্দোংদি খরা হাপ্পু

কবি সম্মেলন।
লল্লোনবদুসু শৈরেং থিরম্মী।

হৌজিক্তি ওইখ্রে
শৈরেংগী লৈবাক অমা।

# ফেমিনিজম

সহ্‌রদা
অউনপোৎকী থৌরি য়ান্দুনা শিনরিঁগুদা
খুনদুগী নুপীমচাশিংদু লোইনা লুহোংব্রবা
নুংশিদা।
মখোয়দু শিদবা ওইসনু
কেরোশিন হৈজিন্দুনা।

মনেম্বোকতু নুপীনি
করিগী মমৌবু নুপীনি খনবীদ্রিবা করিগীনো
ফেমিনিজম।

ঐ খঙই।
নুপীশিংনা তাল্লি নুপীগী হক
নুপীনা নুপী ওৎপগী ব্বারী খক হায়নদে
ফেমিনিজম।

নুপী নুপা চপ মান্নরবনি
কনা অমতনা খনবা য়ারোই নুপীবু মীখাপোনবীনি।

ব্বারেপ।
ব্বারেপ অমদি দরকার ওইরি
নুপীনা নুপী ওৎপসি হান্না তোকখিসি
নুপীমখৈনা চপ মান্নরবদা
নুপাশিংনা কৈদৌবা ঙমগনি।
নুপীসু মীনি
ঙাঙবা লাউবা য়ারে
নুপী লালদা কনানা করি তৌবা ঙমখিবগে।

# ঐগী সহরগী ৱারী

ঐগী সহরদি
বার্তন ফংদনা লাকপা অতিথিশিংনা
কৃক কৃক ঈন্নরি
মশা মশাগী মখূৎ তিংথোক্লদুনা।

ঐগী সহর
মী খূদিংমক মফি মরোল খঙদ্রে
অমগা অমগা থেঙ্গাইনরি
গলি গলিশিংদা
অমম্বা অমম্বদা
কা মথং মথং
খূরবা গলি গলিশিং।

শকখঙনদ্রবা মতমসিদা
মীশিংদু মমাগী মফি চিংলরি
মচে মচলগী ফিজি ফিনা উপাল ৱাপালগী উনা ৱানা
মসিনি ঐগী সহরগী ৱারী।

লম্বীশিং
অপীক অপীকপা গলিশিং
ঐগী সহর
কৃক কৃক ঈন্নরি হন মপৈ মকোক্কা মমৈগা
বার্তন ফংদনা লাকপা অতিথিশিং
তিংথোক্লরদুনা মশা মশাগী মখূৎ।

ঐগী সহর
নুংগী মূর্তি
তুমীন লৈরি মোৎলবা হনথি হঙাই মরক্তা।

## ঐগী ব্রাহৈগী থম্মোয়দা

ঐগী ব্রাহৈগী থম্মোয়দা
ঐগী শৈরেংনা ঈশৈ শক্লি।

লৈরাংশিংগী মরক্তা কুরাকশিংনা তোংলিঙৈ
উরোক শঙ্গু শঙ্গু পাইরি
অতিয়াগী অঙৌবা লৈচিনশিং মাইকৈ খঙদা।
খূলং ঈশৈগী সুরদনা
তৌদ্রি বাঁশি খোংলি
উপালদা তোংদুনা উচেকশিং মঙক নোম নোমদুনা।

ঐগী ব্রাহৈগী থম্মোয়দা ঐগী শৈরেংনা ঈশৈ শক্লি।

মঙগী মহুমনুংদনা
পাইবা ঙমদ্রিবা উচেক মচাশিং
খোংলকপদা ময়া কাখৎতুনা অপীকপা খোঞ্জেলশিং
খুনগী চিদায়সিদদি
কুইরে শক্লক্লিবা ঐনা ঈশৈ
উপালদগী য়াম্থুরক্লিবা উরিশিংগী মমিদা
ঐনা থৌরি হাইবী শান্নরদুনা।

ঐগী ব্রাহৈগী থম্মোয়দা
ঐগী শৈরেংনা ঈশৈ শক্লি।

## অঙাংগী ঈশৈ

ঐগী ইমানা হায়
নঙ পোক্লমদাইদা বুধ নিংই মঙাল ফংনবা
ঐগী ইপানা হায়
নঙ পোক্লমদাইদা যীশু অল্লা কৃষ্ণ নিংই শান্তি ফংনবা।

ইমাগী ব্রাহৈ নীংশিংলক্লুনা
বুধদেব অমা য়েকশিল্লি ঐগী অপীকপা তুলিনা
মঙাল ফংদে চরাংনবা সহরদা।
যীশু
অল্লা
কৃষ্ণ
য়েক্লুবদদি চোংথোরকই
মতমগী মূর্ত্তি ওইনা।

উপায় লৈত্রদুনা
উচেক অমা য়েকই
হৌজিক্তি ঐ
উচেক ওল্লকই পাইখৎলকই খঙহৌদনা
ঐগী অতিয়াদা।

শংবান্নরবা অতিয়া
পাইশিল্লকই অমুবা লৈচিন মপৈ মপৈ।

পাইরি ঐদি পোত্থাদনা
অপীকপা ইশা অনী খপ্তুনা
চীং পাৎ তুরেল
অশংবা উমং ব্রামংগী মথক্তা
মতমসিদা পোকখায়রকই বোম অমা
ঐ কিদুনা
হৌজিক্তি অমুক য়েকশিল্লি লৈ অমা।

## খুঙ্গংগী চিঠি

ইরকই
খুঙ্গংগী চিঠি।

কনা হন্না য়েংবীদ্রবা তোর্ব্বানশিংদা
উপালশিংনা ঙাইদুনা লৈ উচেকশিং।

সনা খোংনাং পাম্বীদুদি
ঙরাং অহীং তুরেলগী তোর্ব্বান নীংখায়বদা
ঈচেলগী ঈরোন্নুংদা লুপশিনখ্রে।

খুনসিদদি লাউরক্লি
পেন্দ্রবা পামদ্রবা থৌদোকশিং
তমথিবা মীওৎ মীৎনৈ কয়াগী য়ানিংদবা খোল্লাউ।

চিংথোকপীরকপদা মতমগী কল্লবা নোংলৈনা
ইমাগী হকচাংদা থোংলিবা ফিজোলশিং।

খুনগী নুপীশিংদি
পায়রদুনা মৈরা অমমম
চঙশীল্লি ইল্লুনবা খোল্লাং
থৌগংলবা নৱাশিংগী চীনবান তম্না।

চীংমায়শিংদদি হৌরি উপাল মচা মচাশিং
চাক্লিবা লম্মৈগী মৈরী য়েংদুনা
অপীকপা উচেক মচাশিংগী উমংদা।

মতমসিদা
অপীকপা ঈপাক্কুদা নোংলৈ নুংশিৎনা হি হোল্লি
ঈথকশিংনা তোর্ব্বান তম্না।

ইরক্লি হৌজিকসু খুঙ্গংদগী চিঠি।

# পোদোন মৈরা অমা

ইঙেল্লৈ
উরকই মপুরোইবগী পোৎলোইফমগী মৈখু মরক্তা
পীক্লবা পোদোন মৈরা অমা
খ্বাইরমবন্দ নুপী কৈথেল
পীক্লবা মচাশিংগী মীকপখোন্দা।

পোৎলোইফমগী মৈরীদু মুৎখিবগা
ইঙেল্লৈ থম্মোয়গী মৈরীদি লোইনাইদ্দনা চাকখৎলক্লি।

মতমসিদা উরকই ইঙেল্লৈ
মৈতৈ নুপীগী খ্বাংচেৎ
শকখঙজরকই মশাবু মশানা
মহাক মশামক নাউশুম হাইরিবী মমানি।

ঙসিদি
ফাওদ্রে য়াক্লবা নুংশাগী মৈশা
কিদ্রে নোংজুথাগী নোংলীক
ইঙেল্লৈ শারি নোংথাংলৈমগী জগোয়।

নিল্লক্লে খোঞ্জেলসিনা অতিয়া
পীক্লবা পোদোনগী মৈরী মঙালদুদা।

## চুথরো নোং

থোঙজাওদু
হন্না হন্না থীল্লি। থবাম্নিচাকশিং মীৎকপ থোরক্লমালে
মমিৎ তরু তরু পাঙলি মমখ্রবা অহীংদা।

খোঞ্জেল।
ঐ খঙই তোয়না তোয়না তাখ্রে
ঐগী থম্মোয়দা ঐগী পুক্লিংদা ঐগী নাপ্পদা
খোঙউপ বুটশিংগী মখোলদু অমম্বসিদা।

কপ্পু লাউনরিবা মরক্তা
মৈরীনা লৈম্মে ওল্লকই মৈরীসে মৈরীসে
লাউরকই নুপী অমদি

চুথরো নোং।
চুথরো হো নোং! লৈম্মেসে লৈম্মেসে
চাক্লিবা লৈম্মেসিগী মথক্তা।

## হি হোল্লি

ঐদি ধ্যান তৌরিবা মুণিদু নত্তে।
কোয়না চৎপা যাত্রিক অমনি কোকথক্তা পোৎলুম পুবা
অদুনা ঐ পোখাবা ঙমদে
উরুম অমদা কমদুনা।

হৌজিক
চীংদোলশিং মৈ ঈক্লি লম্মৈগী মৈরীনা।
ঐগী থম্মোয়গুম।
করম্বা মীৎকুপ্তা ঐ ধ্যান তৌগনি। খোংদুনা
পাইরিঙৈ মহুম লৈজদ্রবা উচেকশিংনা
অঙাঙবা অতিয়াদা।

ঙসিদি ঐ
পীক্লবা নৱাশিংগী মিৎ নহা অনীদা
চাইথরকপা নুমীৎ মঙালগী ঈথক ঈপোম য়েংদুনা
হি হোল্লি।

## মঙনা কুরাক্লুম পাইরি

ঐনা তূমথবদা মঙাইরি অমম্বসিদা মঙনা কুরাক্লুম
পাইরি। কুইরে মঙ মঙলক্তবা
পোখাফম খঙদ্রবা ঐগী তোর্ব্বানসিদা।

শন্দোরকপদা মঙালনা
ঐনা কয়াদা নুংঙাইরিবা লৈকা খূদিং
হৌজিক্তি ঐ জগোয় শারি। মালঙবগী
নামিবা শহুমদা লৈনাশিং।
মিৎকপ থোরকপদা
ঐগী নুপী ঐগী ইচাশিং ইকোয় কোয়শিল্লদুনা
কপ্লম্মী। ঙসি মখোয়গী মায়থোঙদদি
উরি ঐনা অকিবা মূর্ত্তিগুম মতমগী মঙালদা।
ঐ কিবনা লোইরে মখোয়বু উবদা।

হৌজিক্তি
ঐ অমুক তূমথরে।

## ঐগী ইমা

ঐগী ইমা
থাদরম্মী লম্বীদা
অমনবা চরৈ ফি মচেৎ মচেৎ শেগায়রদুনা
মমাগী খোঙ্গুল লীরক্লবা।

কুইরে মপাউ অমতবু তাদবা
ঐগী ইমাদু
মীনায় নাইথাংনৃবী ওইরিব্রা
লৈমরেনবী ফমথোনবু পীরিব্রা
হংগী লাইথিগুম
থৌরি কোঙ্গোই চিং চিংদুনা থম্বীখ্রব্রা?

তত্তনা তায়
ইমাগী খোঞ্জেলদি
খোংলকপদা অঙনবা অয়ূক্কী
অপীকপা উচেক মচাশিংনা।

## হল্লো দিল্লি

চীংদোনসিদা
শান্নরিবসি নঙগী ভারতকী অঙাংশিং
মোৎলবা নোংলীকশিংনা চোৎলবা
মমাগী ফিজোল কোগোক কোক্লবা নাউশুমদা।

মঙাল অমতা
উজবা ফংদ্রবা অঙাংশিংনা
শান্নরি লোক্লুংসিদা
অচীকপা খুনদু নৈহৎপীরি খুঞ্জা নুপী কয়া ফিজি ফীনা চিংথোক্লুনা
নঙগী অশংবা উপালশিংনা।

হল্লো দিল্লি।
চীংমীগী খাংপোকশঙসি
অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা
লৈরক্লিবা চহী চা কয়া শকখঙবীদনা
মশাগী মরৈবাক্তা।

খূঞ্জাশিংদদি
মখোয়গী পৃথীবি হায়ববু অপীকপা চীংদোন্দুনি
মখোয়গী কোনুংনা মল্লবা মশাগী খাংপোকশঙদুনি।

হল্লো দিল্লি
ঐখোয় হিংলি
তারদুনা নোংমৈগী
মখোলশিং।

## পোত্থাফম খঙদ্রবা

ঐগী শৈরেংনা চৎলিবসি লম্বীসিদা
কনা লৈজদ্রবা ফিথুংদ্রবা অঙাংশিংবু কৌরিবনি
ঐগী পোত্থাবা ফংদ্রবা য়াহৈশিং।

কনানসু খঙদে
ঐদি নুমীৎ খুদিং নুংবংননা লৈ
ঐগী য়াহৈশিংগা য়ারী শান্নদুনা
হায়ফম খঙদনা লাঙতক্লরবা
অনম অহা চুরবা
মতুশোল্লবা মীশিংগী নৈহৎপীরবা লানফমদা।

লাম্মী অমনি
পোৎলুম পুবা উটসিসু।

ঐগী শৈরেং
শকখঙবীদ্রবসু কনানা মাগী য়াহৈগী মূর্তি
ঐদি লৈবি অসুম লৈবি
অমম্বা মরক্তা উচান মৈরা চুখৎতুনা
পোত্থাফম খঙদ্রবা
লাইশঙগী থোঙ হাংদোক্লুনা।

## বসন্তগী শগোল তোংবা লান্মী

(কবিরত্ন লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী মফমদা)

হে কবি
নঙনা লাউরি
নখূৎ ব্রাংনা থাঙ্গৎতুনা
ব্রা অমতা হায়গে তেলঙ্গা।

মসি
খুন অমগী ব্রারীনি
লম্বীসিদা চৎলিবা নঙনা নোক্লা নোক্লা ইঙাও ঙাওশিন্নরদুনা
মল্লবা একাগাড়ী অমা অমনবা তুপী অমা
করিসু খঙজদ্রবা মতৌগুম খুদোনবী থিন্দুনা
নহাক্লা হাযখিদনা কবি
ইমা মণিপুর
নঙগী ফজদবা অমদি
নঙগী গাড়ী মনীংদা
ওনশিল্লকপা উনা মচুগী নোংমৈ চিন্দোন অদুনি।

হে কবি রত্ন
নঙদি রমজানগী অহীংদা
লৈচিন থাংদবা পাল্লবা অতিয়া যেংদুনা
নথন্তা তুমীন্না ফমদুনা লৈবা বহমতনি।

কবি নঙদি অমম্বসিদা
শাগৎচরিবা ব্রাহৈগী মন্দিরদা
মঙালগী মুৎনাইদবা মৈরা চুখৎলিবা
বিদ্রোহিনি নঙদি
বসন্তগী শগোল তোংবা লান্মী।

## লানফম

লানফম।
চরৈ ফিমন শেৎলবী মমানা কপ্লিগৈ
লাক্লি নৱাশিংদু
সভ্যতাগী অকায়বা লিক্লি মচেৎ মচেং মথক্তা।

খুঞ্জা নুপীশিংদু
ঈহিং নাইহিং তৈরবা ফিজোল শেৎতুনা
ঙসিসু নাউশুম জগোয় শাজরি
লানগী মৈখু মরক্তা।

মতমসিদা
মচাগী ঈ তৈরবা পৃথীবিদি
খোঙথাং লেপ্তুনা চৎলি
মমশিনপ্রবা মালেমগী ফিজং হাইদোক্লুনা।

লানফম।
মন্দিরগী কাংশি মখোল খুদিংগী
নোংমৈ মরূশিং কাপথোরক্লি
মসিবু কনা কনাগী মরায়বক্তা পাল্লিগবা।

## ব্রাশক

অমম্বসিদা
নঙনা মিংকপ থোরকপা খুদিং
লৈরিবসিনি অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তা।
মঙালগী শান্নবুংদা
নঙনা ননীংতম্না শান্নজবা ফংদ্রবা মতমদা
খঙই নঙ মীতন্নকখি হায়বা
তমথিরবা পেন্দবগী মৈরী অমা
নঙগী থম্মোয়দা।

য়েন্নীংথাদসু
পাইরকখিদ্রবদা মচু মচুগী কুরাক অমত্তা
নঙনা শেমজবা লৈকোন্দুদা
ওইরকখিদনা মীখা পোল্লবা লানফা অমগী মরায়বক।

ঙসিদি
ঈ মচুগী অতিয়াসিদা
খল্লদ্রে চুমথাংগী মচু তরেৎতুসু
লৈরিবসিনি তুমীন
মঙ মঙলদুনা ফিরালসিসু
নঙগী তেক কায়রবা চৈখোক্তা।

মল্লবা কুইরবা লাইশঙ অমদা
নঙনদি নশাগী ঈখেংতানা ব্রাশক্লি
নখূৎতা থাঙশাং পায়খৎতুনা
মদুনা ঙাক্লিব্রা নঙগী ঙমখৈদুবু।

## উচেকশিং

অশিং অৱানথাগী
অকেনবা উনাশিং চেল্লদুনা পুখি উচেকশিং
কদায়দনো খঙদ্রে। লৈত্রে মখোয়গী উমংশিং
কদায়দনো মখোয়গী কাইদোংফমদুবু।

ঙাইরিব্রা মখোয়
অমম্বা অহীংগী থৱাম্মিচাকশিংদুনা কেল্লকপা
খোংলিবনা করিগীনো
উচেকশিং
কৌরিব্রা মখোয়
অনৌবা অয়ুক্কী মেঙলবা মঙাল।

উচেকশিং
অমম্ববু মচেৎ মচেৎ চিকথৎলি মচীনমক্রা
মশা পূম্বা ঈখেংনা চান্নদুনা।

# ঐগী ইমি

মীহাৎপগী ৱারীনা
লৈরি লংলবা ইতিহাস ওইনা মখোয়গী কোনুংদুদা
ইতিহাসতু তম্লগা ঐনা
মঙাল ফংলবা সভ্যতাগী মী ওইনা হিংলি।

ঙসিদি ঐ
মীহাৎপগী ইতিহাস মোংফমদা
লেপ্লীঙৈ
অশিবা অমা মাঙখিবগী পাউদু মী খুদিংমক্না তাখিরম্মী।
ঐদি লোৎতুনা লৈরি শৈরেংগী মনুংদা ৱাহৈ অমগুম।

অঙকপদি
কনানো অমা শিরে
ঐনা মুন্না য়েংলুবদদি উরকই
ঐ ইশামক শিরম্লে।

ঐ মীহাৎপদু থিবা তাই
মমি শামি মূর্ত্তি অমা উরকই
থৱাম্মিচাক্কী মঙালদা
ঐগী ইমি।

## করি পাউ পুরক্লবগে

করি পাউ পুরক্লবগে?

অসুক কুইবসে
ঐগী থম্মোয়না তাজনিংবনা
পূক্লিং লাংতক্লনা ঙাইরক্লিবনি
করি পাউ পুরক্লবগে।

খুঙ্গংদুনা
তুমীন্না লৈরিবনা করিগীনো
লোম্বোক্তবা মূর্তি অমগুম
নাকেম্থাগী অহীংদুদা
অকংবা উপান্দুনা কনাবুনো ঙাইরিবা।

করি পাউ পুরক্লবগে?

অঙাঙবা খোইনিংশিংদু
য়েন্নীংথাগী অয়ুক্তা খোংলরব্রা
শংবান্নরবা অতিয়া য়েংদুনা
মহৌশাগী ফজরবা নিংথিববা উমংদুদা।

## শান্তি

(নোংমা উরিষ্যাদা)

নোংমা উরিষ্যাদা চৎখি ঐ
লৈরম্মী রেল গাড়ী তালি মনাকমক্তদা
চেরংনা মথক কুপ্পা ফক্লাংসু ওইবা
অপীকপা যূম
মনাক্তা মৌ নহা য়াঙ্গংলবী
ফীমন শেৎপী অমা লেপ্লদুনা।

খঙহৌদনা ঐনা
মাবু কৌখি "শান্তি"
মসি ঐনা খঙহৌদনা থোনখিবা মমিংনি
ভারত মাতাবু নীংশিংদুনা।

হে ! ভাবত
নহাক্কী শান্তিনি য়াঙ্গংলবী মৌ নহা কুচুমুবীসি
থৌনা ফবী অকি অখং লৈতবীনি
অদুক লাউখোংদুনা চেল্লিবা রেলগাড়ীগী খোঞ্জেল
মঙোন্দদি মেঙলবা কোকিলগী খোঞ্জেলগুম তারিবা।

শান্তি
মচাশিংদুবু নুংশিদ্রব্রা
মহাকসিবু খোঞ্জেল থোক্লা লাউননবা পাঙ্গল য়াওদ্রব্রা
করিগী রেলগাড়ী লাক্লগা মচাশিংদুবু ফাজিন্দ্রিবা।
অঙাংশিংদুদি চেনশিল্লি
রেলগাড়ীদুনা থুংলবদা
মমানা লৈদুনা পুবকপগুম

কৈথেল্দগী অচাপোৎ ময়াম অমা
তিংথোরক্লি মোৎলবা মখূৎ মচ'শিংদু
থুংলরিবা বেল গাড়ী তম্না।

ঐগী থম্মোয়দদি খল্লকই
কনানো শেগায়রবা শাড়িদুবু হাংদোক্লুরিবা
মখোয়গী মপানা কনা কনানো
খোমজিনবা ঙমদনা ফিশিংদু মথন্তা চাইথোকখিব্রা।

ঙসিদি
শান্তিগী য়ুম মীৎমাঙদগী তামহৌরে
অদুবু মাগী পুক্নিগী ৱাহংদি হংলি লোইবা নাইদনা।

শান্তি
পূর্ণিমাগী মেঙলবা থাজবু উরগা
মহাক্না মোমোন মীনোক তম্লমগদ্রা
থেঙলবা অহীংদা
মচাশিংবু চেজ্জেৎ কোনশিল্লগা
শীম্বুরমগদ্রা মীৎলুদগী পিরাং
পুম্নমকসি থাদোক্লুনা মহাক্তু
ঙাইরমগদ্রা রেলগাড়িনা লাকপতবু।

## লৈ চরোং চরোং শাৎলি

লৈ চরোং চরোং শাৎলি।

ঊশাশিংদা
খোঙ্গুলমেলৈনা শজিবুগী অয়ূক্তা
কাংঙাগী মতৌগুম্না তাউদুনা শান্নরি মালঙবনা লৈনারক্তা
নোংলীকশিংনা চাইথরি হৎবাও ঈরাওখোলগা লোয়ননা।

শান্নরি
হৈকোল লৈকোল অমসুং ঈচেল মচাশিং
খুঙ্গং কবিদি লিরি লিরি শিৎপা নুংশিৎকী লংলাদা
লৈ পরেং লেংলি খাংপোকশঙশিংদা।

পাউ অদু শন্দোকখ্রি
আ! সমুদ্র ব্রাংমা লান্না লৈহাও লৈরেন লৈনমশিংনা
লৈপালশিংদা
ঈশিং চাইরি চনুরাশিং
তনৌরবী মখূৎনা ঈশিং পাত্রা পায়দুনা।

ফজদ্রা লৈকোলসি।

## দৃশ্য

ঐগী মাঙ্গোল ফৈরাদা
উচেক অমা তোংলি
মানা খোংবগী খোঞ্জেলদা
ঐ ইখঙ খঙহৌদনা মিকপ থোরক্লি।

ঐগী কা
পীক্লবা লেমটলগী মৈরী অমা ঙাল্লি
অপীকপা মঙালদু ঐগী মায়থোঙদা তারি।

অহিং কয়া কাসিদা ঐনা য়েংলি
অমম্বা দৃশ্যাদু
তুম্মীংবনা উইথরুরবা ইমিৎতা মূর্তি কয়া উবকখি
মায়থিববা লাম্মীশিং
মীৎকপ থোক্কুনা হৌগৎনরক্লে।

হাংদোক্লক্লে কৈশুমশঙগী থোঙ
খোংলকপদা ঙসিদি ঐগী মাঙ্গোলগী ফৈরাদা
তোংলিবা উচেক অদুনা খোম্থাং য়ৈনা।

ঐগী মাঙ্গোল ফৈরাদা
উচেক অমা তোংলি।

## উচেক অমদি কবি

শংবান্নরবা অতিয়াদা পাইরি উচেকতি নীংতম মায়কৈদা
কবিদি তুমীন লৈরি য়েংলদুনা অহাঙবা অতিয়া অমদি উচেকপু ।

উচেক্না পাইরিবসিনা থিরিবনি
পূক্নিগী অতিথিশিং শকখঙনদ্রিবা মফমসিদা
মচীন্দা ঈশৈ শক্লদুনা।

কবিদি
তুমীন্না লৈরি থম্মোয়গী চেনা হাংদোক্লদুনা অদুগা থিরি
মঙালদু পূক্লিংগী কাচিন্দা অসুম চঙশিন্দুনা হাংদোক্লুরি
থিংখ্রবা থোঙ কয়া পোথ্বাফম খঙদনা লৈরিবা পূক্নিগী
থোঙনাওশিং।

উচেক অমসুং কবি
পাইমিন্নরি ফংলবদা মঙালগী ৱাহৈ অমা
যুগ কয়া চঙনা শাগৎলিবা
মীওইবগী মন্দির মথক্তা।

## খোঞ্জেল অমগী ঈশৈ

নাকেম্থাসু লোইখিবদা মণ্ডায়রি
য়েন্নীংথানা করি ঈশৈ শক্লিবা
কেল্লবা উনাশিংগী মরক্তা।

লৌবুক লমহাঙদা
শঞ্জেন্নহাশিংনা শান্নরিঙৈ
নিল্লিবা খোঞ্জেলসিনা করিগীনো
মল্লবা খাংপোকশঙগী নীংখায়রবা ফক্লাং ফাওনা
খীংঙু খীংঙু কাংশি
হন্না হন্না খীংঙু নখূৎমক্লা
চীং তম চীংনুং মান্নুং খোম্থাং য়ৈনা
কনানো অমনা কৌরিবনি
হৌজিক ফাওবা নুংশিনা।

ঈচেলগী তোর্ব্বান্দুদনা
তাদুনা লৈরিবা অপীকপা নূংশিংনা
অমম্বা মরক্তা তুমিন
ৱাকৎ অমত্তা য়াওদনা তারি
খোঞ্জেল অমগী ঈশৈ।

# কাংশিদি অদুমক খীংলি

খীংলক্লি কাংশি
মতমসি য়ৌরে হায়না কীন্থখ্রবা খাংপোকশঙসিদা।

কাংশিদি অদুমক খীংলি ।

নোংমা কনাগুম্বদা হংলুবদদি
খোঞ্জেলবু করিমতা তাদেনে
কনাগী কাংশিনো
লানগী মতমসিদা শাউনা শাউনা খুন্নকই।

কাংশিগী মখোলদি
ঐদি তাই নুমীৎ খুদিং খোঞ্জেলসি
তাদ্রিবনা কবিগীনো মখোয়না।

হৌজিকসু উদে হায় মখোয় খুদিংমক্লা
ব্লাকটিংগী ঈংলবা অয়ুক্তা
লীক্লানা ইচোৎ চোৎনা তগৎ তগৎ তেক্লা
শাৎলিবা অঙাঙবা আতর গুলাপ্তু
মখোয়বু মমিৎ তাঙলব্রা
মখোয়বু মনা পঙলব্রা?

নোংমা
অঙৌবা খুনু অমা পাইরক্লম্মি ঐগী অতিয়াদা
খোংলম্মী খোন্থাং শুনা
মখোয় খুদিংমক্লা হায়
অমতা উদে
অমতা তাদে।

# উচি অমসুং পৃথীবি

মল্লবা পৃথীবি।
লৈকাং চারদুনা লৈ কারবাব ব্রালাগী মল্লবা গুদাওন্দা
লংশেক্কুনা থল্লি মতমগী মীশিংনা।

উচি
হরাওনা চীক্লি মল্লবা পৃথীবি
শারি মহুম নুংঙাইনা
পৃথীবি মল্লবা ফিজেৎ ফিগায়না।

পৃথীবি তুমীন লৈ।
উচিনা মাগী নুংঙাইরবা পৃথীবি মহুম্মুংদুদা
মচা কোনশীন্দুনা
শন্দোক্লি মচা ধরা।
উচিদু পোথাদে
চীকথৎলি ঈহিং নাইচিং তানা
ফক্তুনা চাবি
পৃথীবি মচেৎ মচেৎশিং।

পৃথীবি তুমীন লৈ।

উচিনা তায়
খ্বাইদগী নুংঙাইনা ইকোন শাদুনা
লৈবা য়াবদি পৃথীবিদনি।

উচি হরাও তযাম্না খোংদুনা
চ্রি-চা চ্রি-চা
ঙসিসু শন্দোক্লি মচা ধরা।
পৃথীবি তুমীন লৈ।

## অশাংপা লৈ অমা

অশাংপা লৈ অমা
লৈরি মমিং চেজেং উইশিন্দুনা
মুনি খ্বশিগী মতৌগুম্না লৈকোলসিদা।
লৈদু
ঐনা হেক্কে হেক খল্লুবগা
ইখূংসিনা লৈখোক্তা শোক্লুই
ওল্লকখি লৈদুনা জগোয় শাবী অমা।

শারকই জগোয়
মফি অমতা থোংদনা
ঐনা শোক্লুবদা অমুক মাগী হকচাংদা
চাইথোরকখি জগোয় শাবীদুগী অমুবা শন্নাংশিং।

অমুবা শন্নাং
ঐনা নান্দুনা শান্নরুবদা
ওল্লকখি হিংচাবী অমা।

হিংচাবীসিনা অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খঙদনা
চেজেং কোনশিল্লকখি
ঐগী হকচাংদা মখূং অনীনা
মতমসিদা ঐনা হায়খি কিনা
লৈ ওল্লো লৈ ওল্লো
অশাংপা লৈদুমক অমুক ওল্লো।

হৌজিকসু
খেক্লুনা নোকশিল্লকখি ময়া কাথোক্লুনা।

## খোঙচৎ

মন্দিরদগী তারকপা
মোইবুং মখোন্দা
অঙনবা অয়ূক্কী নুমিৎ
মঙক থাংগৎলকই মমীৎ পাংথোরকই
অমম্বা মহুমদগী পাইথোরক্লুনা।

খাংপোকশঙগী কাদি
হৌজিকসু মন্নি নোংঙাল্লবসু
মসিবু মীখা পোল্লবশিংগী য়ূমদুরা?

ঙসিদি
ঐখোয় পূম্বা চৎমীন্নবি
মীৎতাংবা অমনা মীৎতাংবা অমদা
লম্বী হংবগী খোঙচৎতা।

## শকখংবীদ্রবা অমম্বা অহিং

ঐগী ব্রাহংসিদা
পীনিংবা পাউখুম পীরক্লবসু
মফিদু মথং মথং চিংথোকপীরবদি
চাকথুং ফিথুংদ্রবী মচাশিংগী থম্মোয়দগী
লান অদু হৌরকখিবনি।

নখোয়না শেম্বীদ্রে লম্বীদুসু
নখোয়না থাবীদ্রে উপালদুসু
করি মতৌনো
মখোয়গী লাইশঙ
মৈরা অমতসু থানদ্রিবা।

ঐ খংলে
মখোয় খুদিংমক্তি লৈরি অশিবগুম
উপায় লৈত্রবা মপোক্তা।

ঙসিদি
মখোয়না হোল্লিবা নুংশা স্বরদুসু
খোঞ্জেল অমত্তা তাখিদ্রবা
শকখঙবিদ্রবা অমম্বা অহীংসিদা।

## ঐদি পামজদে

উরকপদা
মহৈ মরোং চুন্নবা লৌবুকশিং
লৈরিবা ইমাংদা মহৌশা
কংবা নাইদ্রবা ঈচেলগী তুরেলদু।

ঐগী থম্মোয়দদি খোম্লাং য়ৈরি
পীক্লবা লমদমসিগী ইতিহাসনা;
খোংলকপদা
উপালসিদা তোংলিবা ঐগী নুংশিবী উচেকশিংনা।

মতমসিদা
ঐনা হায়খিবনি
ঐখোয় পূম্বনা ঙমখৈদু ঙাকপা ঙমদ্রবদি
ঐদি পামজদে
মোংফম মচেৎ অমা ফাওবা।

# ইরিবা ইতিহাস

মনোরমা
ইখঙ খঙহৌদনা শিখি নঙ।
অহীংদা ফাদুনা পুখিবনি
নোংঙাল্লগা শিদুনা লৈরম্বনি
নত্তে। শিরম্বা নত্তে। হাৎতোক্লম্বনি
মসিবু ওইহনবা তারব্রা নঙগী নরায়বক
লমদমসিদা পোক্লুবগী?

লুনিংলা ইলিজাবেথ
নঙদি অঙাংনি পুন্সি মশক খঙদ্রিবা।
অয়ুক্কী লীক্লাগুম তরু তরুবা।
নঙগীসু নরায়বক ওইগদৌরিব্রা
অদুক তমথিবদো অদুক মীনুংশি খঙদবদো?

সঞ্জিতা
নশাগী ঈজ্জৎ খোঙ্গাওনখিবগী
শিজখি নশা নথস্তা
মদুসু নরায়বক্কীরা সঞ্জিতা?

শর্মিলা
নঙবু শকখঙবিরবসু শকখঙবিদ্রবসু
নঙগী শান্তিগী অন্দোলনদা
ইরিদনা নঙদি শৈরেং
নশাগী ঈনা ক্লাহৈ ওইরদুনা ইতিহাস।

নঙ কপকনু
ইতিহাসপু মৃৎখিবা লৈব্রা
কুইর কুইরগা লংখৎলক্লাখগনি ইতিহাসতি।

## উচেক অমা খোংলি

অকংবা উপাল অমগী মখোঙদা
ঐনা লাই নিংলিঙৈ ফি অমতা থোংদনা
বুদ্ধদেবনা মাগী মঙালগী ফিজোল কুপশীল্লকই।

খঙহৌদনা
অনৌ অনৌবা লাইয়ামগী মতু চোম্বা মখূৎশিংনা
শেগাযরকই ঐগী মঙালগী ফিজোলশিং।

মতমসিদা
উচেক অমা খোংলি
চোংলকই অনৌবা যেন্নিং অকংবা উপালদা
পাযদুনা শান্নরুবদা মঙালদু অঙাংশিংগী অপীকপা মখূৎ মচাশিংনা
মমীৎ পাঙলকই অয়ূক্কী কোরৌ।

ঐদি তুমীন্না লৈ উখাদা
মীৎ অনী চেজেৎ উইশিন্দুনা অমম্বদা।

## পোকখায়দ্রিবা মৈগী চীং

ইমাগী ঈ চূপ্লিঙৈ
শিংলি নাউরি খূদিংমক
ঐদি খঙলমদে
হান্না শিরমলে হায়বা ইমাগী গর্ভনুংদা।

কয়াদা তমখিখ্রবা মতমনো
ইশা খঙজদনা ইরাল কয়ানা য়োল্লমলে
নমথিরবা ফিজোলশিংনা নাউয়োম্লদুনা
অমম্বা কুয়োম্নুংদা বন্দি ওইনা
ইশা পূম্বা কিশিল্লদুনা মীহাৎ থৌরীনা।

হৌজিক্তি
মোংফমসিদা মীশিংনা
মশানা মশাবু পোৎলোয়জরি
মখূৎমক্লা মৈ চুজদুনা
মীহাৎপূঙগী কাংশি খোঞ্জেল্লক্তা।

মতমসিদনি
মৈরীসিগী মঙালদা
নাউশুম্নুংদগী হৌগৎলক্লিবা নরাশিং।

মাঙদদি লৈরি
পোকখায়দ্রিবা মৈগী চীং।

## শক খঙজরকপা

নুমীৎকী মঙালদি
মীৎচান্নরি মতমগী মীশিংগী মমীৎশিংগা
মতমসিদা ঐনা হায়খি
লেঙশিল্লকউ
লেঙশিল্লকউ
অমম্বা কাসিদা অমুক্তা মঙাল উজদ্রিবা
মীশিংনা মমিৎ পাঙদুনা লৈরি।

শকখঙজরকই
ইমি তাদনা লেপলিবসি ঐহাক্নি।

মঙালদি
তুমীন্না লৈ
নোংপোক চীংদোলগী বাংলবা উপালগী উশাদা
তোংলদুনা ঈশৈ শকমীন্নরি উচেকশিংগা।

## খোঙ্জেল

ঙাইরিবৈঙে মালঙববু ঐনা শারবা মৈশাদা
উপালগী উনাশিংদু খজিক খজিক লেঙলকপা উই।

নোংমা মখূৎমক্লা থারম্বা লৈপালদুদি
শাৎকায়রক্কুনা লৈনারক্তা লৈনমদু য়েঙ্থোরক্লে।

ঐনা উখি অঙাংশিং
লৈ অদু মখূৎ মখূৎনা পায়বা।

তুমথখ্রেদো অঙাংশিংদু
খাংপোকশঙগী অমম্বা কাদুদা মিৎলু পিরাং ঈহৌরম্লগা।

কয়ারক তাখ্রবা মীৎকী পিদুদি
তৈথোক্লি হন্না হন্না মমাগী ফীজিনা।

মতমসিদা করম্না থাদোক্কুনা চৎকনি খুঙ্গংসি
অপীকপা মোংফমদি লৈরি মফমসিদা।

খোঙ্জেল।
ইমা হাযনা কৌবগুম তৌরি
অচিকপা অহিংসিদা পরান্মিচাকশিং।

## লান লেপ্তে লান লোইদে

লান লেপ্তে
লান লোইদে।

হৌজিকসু মীশিংসে
লানগী চৈনা ফংখিবা ঈদু খক্ত্রি।

শোইনাইরবা অঙাংশিংদু
চৎলি মখূৎ হাই হাইদুনা লানগী তেক কায়রবা লম্বীদা।

লান লেপ্তে লান লোইদে

ইতিহাসকী থেঙখাঙ কয়াদসু তাখি
মবৈবাক ম্যাঙখ্রবা লাম্মীশিংনা ঈশৈ শকপা।

মতমসিদা মন্দিরগী কাংশি মখোলসু
ওল্লক্লে লানগী খোল্লাউ।

চল্লবা খুঞ্জাশিংগী খাংপোকশঙগী ফক্লাংদা
তারিবা দাকফমশিং
নোংমৈ মখূল ঙাক্তনি
অমম-অঙান খঙদনা কাপ্লকখিবা।

লানফম।
পীক্লবা উচেক মচাশিংদু
কদাই কদাইদনো পাইথোকখ্রিবা
মখোয়দু থুনা পাইরকউ হায়খো
শিকারীগী গুলীনা পান্দনবা।





**RAGHU LEISHANGTHEM** (1959)
An Inspector of Excise,
Govt of Manipur
*Address* : Thangmeiband Meisnam Leikai,
D.M. College Gate, Imphal-795001

**Published Works** : **Punshi Telanga** (Poems . 1991), **Lanbu Lei Oina Shannariba** (Poems 1995), **Nung Asi Laini Lei Asi Ee-ni** (Poems 1999), **Hanubigee Eshing Pun** (Poems . 2002); **Atithi Uchek** (Children's Stories 2003).
He was awarded **Telem Abir Award-2005** by the Manipuri Sahitya Parishad for his book **Hanubigee Eshing Pun**.

The poetry of **Raghu Leishangthem** impress a reader by their sheer quality of brevity of thought and expression, which he does not by design but instinctively, and when one goes through his lines, it is difficult to decide whether one reads a poem or sees a painting. The images he constructs, the symbols he employs, and above all, the words he places in a well-framed poem, transports a reader to the hazy land of art and poetry. This quality of transmutation is the essence of his poetry, which he expresses in delineating a pastoral scene, a moving social situation, a human experience, and an indigenous motif.

He is a poet to be noticed, observed and studied.

**L. Joychandra Singh**